# ৱাহৈ অমা অনীদং

মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা চহী কয়া চুপ্পা মণিপুরী লোল মসুং সাহিত্যগী সেবা তৌরক্লি। মণিপুরী সাহিত্য চাউখৎনবা হোৎনবদা অৱাংবা থাক্কী ৱাল্লেং অমসুং শৈরেংগী লাইরিক কয়া ফোংজনা পাঠ্য পুস্তককী অৱাৎপসু মেনখৎলক্লি। "শৈরেং-শৈখন" কৌবা লাইরিক মচা অসিসু মৈতৈ সাহিত্যগী লৈরাং পরেংদা লৈচন অমতং ওইনবা পুথোকচরি। সাহিত্য প্রেমীশিংনা হরাও হরাওনা লৌশিনবিদুনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদপু য়োকখৎপীগনি আশা তৌজৈ।

ইম্ফাল

তাং ২৮। ৩। ৬২ ইং।

জেনেরেল সেক্রেটরি,

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ।

# হীরম লামায়

হীরম | | | লামায়
---|---|---|---

# শৈরেং-শৈখন ।

---

## কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মখাক ।

( থায়নগী কোন্নুংনা হোংথিবা অমসুং হৌজিক্কী অনৌবা কোন্নুং শেমদ্রিঙৈগী মরক্কী অবস্থা । )

চৌংনা কোঈনা ফিরুক থুমলিবা,
হাওনা কোঈনা পলঙাক্লিবা,
ঋতু তরুক্সু লৈতেংলিবা,
মালেম পৃথিবী লৈকোলগুম্বা,
মণিপুর সনা লৈবাক্কী লৈময়োম্দা ;
থমচেংকুম থম্বালগী মনুংদা,
সালগ্রামগুম লৈপরেং মনুংদা,
ঙাস্থোইরি থাইনগী কাঞ্চীপুর ।
লৈময়োনসিগী নিংথিজবা মিংচত্তি,
মতমগী কল্লবা ঈচেল ঈরৈনা,
অহিং নুংথিল নাইদনা পুথোকখিহুনা
লুপখিগদৌরে ককম্বা ঈপাকথক্তা !
নুংশিরবা লৈগী লৈনম্মা,

হুংশিংকী মকোঈদা তিনবগুম ;
চীংহুংদা খোংবা তামনাগী খোঞ্জেল্লা,
পাক্লবা অতিয়াদা মাংখিবগুম ;
মনম হুংশিরবা কালিন্দীগী ঈশিংনা,
য়াক্লবা থুমহীদা তিনখিবগুম,
নিংথিজবা মিংচৎ কাঞ্চীপুরগী,
কাউশিল্লক্লে নোংম-নোংমগী।
অমদি কাঞ্চীপুর লাইরেম্বীগী,
মরাইবকথীবা মরমদগী,
মবুংঙোস্থ মাই লৈথোকপিথরে ;
পাউতম্বীন'স্থ লৈরকতরে।
অমদি অরা-পোথানবা য়াবা,
মচাস্থ য়াওদ্রে তৌবিমল খংবা ;
ঈরাক্লরে চিন্তাগী ঈপাকথক্তা,
'হা ওইজরে নুং অনীগী মরক্তা'।
মচাফাগ্রবী শজী অমোম্মা,
মৈচাক থাং'গুম চেনচোংহুনা,
উনাথক্তা তা'গুম অহিং লিক্লানা,
অরাবা পি শিন্থরি ওল্লা থোইনা।
শঙ্গুদগী চিথহৌরবী তেনরাগুম,
উমং-উখোং-রাখোংনাক্তা ফমহুনা,
মীচিক-মীরাওখোল তাখিদ্রবা,

অরাবা-ইশৈ শকচরি মথন্নত্তা ।
থৈবোং, হৈনৌনচিংবা হৈপাল,
লৈহাউ, শিংঘারৈনচিবা লৈপাল,
মশাগা মশাগা লোনশিন্নহ্না,
অরাবা ফোংদোক্লি তুমিন তুমিন্না ।
উরীরৈ, কুন্দারৈ, বাসন্তীনচিংবা,
উরীগী কাংলুপনা মরী চংপা,
থাদোক্তুনা তুংনফম হৈপাল লৈপাল,
ওন্থোইরি, তৈত্থনা উকুল রাইকুল ।
লংথুনু, লাংমৈনচিংবা উচেক,
তেংথারি কাঞ্চীপুরগীদমক,
মনাপুংবা উশা খুদিংদা তোংহ্না,
তৌবিনল খঙবা চেকলাগী কাংলুপনা ।
হৌজিক ফাওবা কালিদমনগী,
পিকলবা ঈশিং ঈচেল অত্থনা,
চীংগী চীংখোংদা ঙাথেংত্থনা,
চামথোক্লি খুয়াথম্বাল কাঞ্চীগী ।
কাঞ্চীগী হৈকোল লৈকোন্দা হৌবা,
হৈ-লৈ পাম্বীগী মরুপ খিবিক্লা,
নিংথিজবা মহৈমরোং লৈ-শু কত্তুনা,
পূক্লিং ফাজিল্লি কাঞ্চি লাইরেম্বীবু ।
মতা কাঞ্চীগীদমক রাবনা,

শ্রীরাসমণ্ডল পুথ্রী অসে
লৈতেংখরে অমোৎপা ফিজেৎনা
লূ-হেন্দরে মহৌশাগুম্না।
অচুম ওইনমক চাক্তাররি,
ঙান্থঙোংনচিংবা চেকলানা,
হুমিদাংবাই য়োরে হাঙৈত্না,
পুক্নিংগী অশ্নেপ্পা কাঙৈদনা।

ডাঃ কমল সিংহ

---

# অতীতের স্মৃতি।

চাওখৎলবা সহর কয়া কয়া,
কোন্থং, নিংথৌরেল কয়াগী,
থুগাঙৈদুনা মতমগী ঈচেম্না,
লুপখ্রে অমম্বা সমক্রে মহুংদা !
ফুরা-দলাল হৈকোল, লৈকোল,
লৈ-শু উরী-রারী কয়া কয়া,
অমম্বনা কুপ্তুনা থম্বগুম ;
অমদি চাওরবা চীংমান কয়া,
হীরা মণিমুক্তা মপৈ মপৈ,

লুপ্তুনা  লৈ'গুম সমক্রগী গর্ভদা,
হৌগ্রবা মতমগী মিংচৎ কয়া,
লুপ্তুনা লৈখ্রে অকাউবগী গর্ভদা!
মমগ্রবা অহিংগী মতমদা,
মুংলি মুংলি পাই'গুমনা তন্দম্না,
অমদি অথাম্পদগী খোংলকপা,
বাঁশীগী মিরবা খোঞ্জেলগুম ;
থেংগ্রবা অহিংদা, অথাম্পা চীংদা,
মুংলি মুংলি চাকপা লম্মৈগুম,
হৌগ্রবা স্মৃতি কয়া পুক্লিং অত্যাদা,
পাইরিনে মশেন মরাংনা!
রাংগ্রবা চীংগী চীংদোন্দগী,
য়েংথরকপা দৃশ্যনা পুক্লিং হু'গুম,
মতমগী অরাংবা চীংদোন্দা লেপ্তুনা,
য়েংথরকপা, হৌগ্রবগী দৃশ্যাবলী,
মধুর ওইখ্রেদা ওম্থোকনসু !
পি নান্থখিবা খণ্ডহৌদে মিৎলুদগী।
শান্নখিবা কয়া অঙাং ওইরিঙৈগী,
রারী কয়া শিগ্রবা শাগৈনাতৈগী,
লৈরাং কয়া চিন্নদনা কেমগ্রবা,
পাইরি মশেনমরাং অকাউবগী গর্ভদা।
তাবা ফংলরোইদবা রাহৈ অমুক হন্না,

উবা ফংলোইদবা দৃশ্য অনিরক শুনা,
থম্মোই কাঙ্গদোই নিংশিংবদা !
পল্লেমগী রাহৈ থাইনরমদাইগী,
শিরমদাইগী দৃশ্য কনাগুম্বগী,
কাঙ্গথিগদোই থম্মোইসি থল্লুবদা।
অহৌবা-হুংঙাইবা, অরোইবা-অরাবা,
থঙলে শান্নথ্রমাল্লে চান্নবা মরুপ।
মোংমা নক্রগা নোংমদি শোইদনা,
চোংথগদমক লৈরে অকাউবগী গর্ভদা।
হৌথ্রবা অকাউবগী সমক্র ময়াঙ্গদা,
মিংচংকী দ্বীপ শারম্মিবা হুপাশা,
য়াইফৈদকো ওম্বোক্রসু !
ঈরাক্লরবদা থুপচগে নংগী দ্বীপ্তা।

ডাঃ কমল সিংহ

---

## নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা।

চংকদবা চংখিসনু
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা!
চেক্লাগী হুংশিবা কোলোয়
লেপথ্রনি য়াচংবদা।
লেপকদবা লেপখিসনু
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা।
ঐগীসু কোলোয় হুংশিবা
লেপখি ননাক্তা চংবদা।
লেপকদবা লেপখিসনু
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা।
ঐগী অচিকপা বাঁশী
খোংজবা থম্মোই হুংদা
শিন্থনি মিৎলুদা ঈরা
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা!

× × × ×

খোংদ্রে ইমা ঐগী বীণাসে
খোংদ্রে ইমা ঐগী বীণাসে,
ঐগী অচম্বা থুংথংসিদদি!

থোক্লেনে অচম্বা ভাটিয়াল
ইশানা পামজবা ঙসিদি !
পীবিয়ুবা ইমা অমেংবা মিজরাব
খচ্চগে থম্মোইগী তারদা
থোকসনু নামিবা মলয়া
তাজগে নাকোংসি পেন্না !

× × ×

নিজরোই ইমা অতোপ্পা অমা
নিজরোই ইমা অতোপ্পা অমা
পলেম খুয়া খাদা !
মিহৌজদে লনসু কল্লকউদে মিংচংগু
পাম্মুদেকো অরাংবা খুভম।
পীবিয়ু মফম লেঞ্জগে মতম
পলেমগী হুংশিবা তম্পাক্তা !
ইমানা তম্বীবা নারাগী খোঞ্জেন্না
শকচংগে মপুগী কোলোয় !

কবি চাউবা সিংহ

# ইঙেন লৈ।

চীংদা শাংপা ইঙেন লৈ
চিননদনা কেনখিবা
কল্লকই।
ঐনা কেনগে কেনদেদো
মালংবনা হুম্বগী
কেনবনি।
মালংবা ঐসু কৈদৌদে
লৈরাংনা লৈখোক লোয়বগী
কেনবনি।
চীংদা শাংপা ইঙেন লৈ,
ঐখোয়সু নংগী নতৌগুম
পানবনি।
ঙাংবনা থোৱা শক্লবা
তাইবং মালং পান্সিদা
য়াওরিদো।
তৌবা ঙম্বা কনাসু
নারক্তা শাংপা লৈরাংগুম
লোৎলিদো।

অৱাবা'ন্নুংশিং কয়ানা
পুন্সি'ফম্বাক থক্লিদা
হুম্লিদো !
চীংদা শাংপা ইঙেন লৈ
হুমিংন খাদা লৈদরি
ঙাইখোও !
তাইবং মীবু উরগা
য়ুরান্ন জগোই শাবহু
নিংশিংঙি।
মালংবসু কদোদে
ইঙেম্বানা তেনবনা
কেনবনি।
নংনা কেন্নবা শাংপগুম
ঐখোয়সু থুনা শিনবা
ঙাইবনি।
ঈপাক্তা কোঙ্গোল তাকপগুম
পুন্সিগী ঈপাক থক্লিদা
তাক্লনি।

কবি চাউবা সিংহ

# পুন্সিগী ঈচেন্দা হোল্লি।

পুন্সিগী ঈচেন্দা হোল্লি
ঐহাক্কী পুন্সিগী হিদোম,
ফৈনা য়ুংনা চেন্থরি,
কিনরি মসিবু থেংলুদ্রা।
পুন্সিগী ঈচেন্দা হোল্লি
ঐহাক্কী পুন্সিগী হিদোম॥

লাউরক্লি তোর্ব্বালগী মীনা
'করিনো অঙাওবা হোঞ্জিল্লু,
তোর্ব্বাল তান্না পুশিল্লু,
হৈতনা করিগী হোল্লিবা!,
পুন্সিগী ঈচেন্দা
ঐহাক্কী পুন্সিগী হিদোম॥

অরাবা নুংঙাইবা ঈথক্তা
মীরাগী—নুংশিং মরক্তা
কনবিয়ু ননাইগী হিদোম—
হোজ্জগে ঈপাক য়েনবা।
পুন্সিগী ঈচেন্দা হোল্লি
ঐহাক্কী পুন্সিগী হিদোম॥

৺নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ

## শুক্লবা অহিংগী লুরবা থাবল।

শুক্লবা অহিংগী লুরবা থাবল!
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগলগীদমক্তা
পাম্মুদা তিল্লরো হুংশিগা উন্নরো
অমম্বদা নহাকপু ঙাইহুনা লৈরিবা।
শুক্লবা অহিংগী লুরবা থাবল।
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগলগীদমক্তা॥

নহাক্তা লাকপদা অমম্বা চেনখরে—
লৌশিংগী মঙান্না থম্মোইদা ফাওবনি।
শংবানবা অত্যাগী থম্মোইগী মনি!
লুপাগী নঙান্না লংহল্লে মালংসি।
শুক্লবা অহিংগী লুরবা থাবল!
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগলগীদমক্তা॥

লৈতেংলে নহাক্কী চান্নবা মক্লপলোই,
থম্মোইদা ঙাল্লিবা শংবানবা পৃথিবী,
নখোইগী তিন্নবা অসিনা য়াকায়রে
থম্মোইদা মপুগী অথুপ্পা লীলা'হু।
শুক্লবা অহিংগী লুরবা থাবল!
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগলগীদমক্তা॥

৺নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ

---

# "তাইবং ঈরেনবুং"

১

ঙসি লাইজ ঈরেনবুংদা নৌরেন খুত্তা পায়রকইবা!
ঈয়াই তম্না হোল্লকইবা!
কনানো ৱাকয়ৈ হিহোনবা!
তুংগী চাংজৌ তুংওইবা ৱাকয়ৈ হিরম খঙঙবরা!
মাংগী খোংকাপ তম্লিবা খুমূ-নৌহোং হঙঙবরা!

২

পাক-চাওরবা ঈপাকনি লাঙঙমদবা লমদমনি,
অরুবা ঈশিং ঈপাকনি,
মপান নাইদনা লুবনি!
ঈশিং অতুগী মতুংদা থাং তা য়াম্না লৈবনি,
মচীন য়াম্না তুমবনি শোক্লবদা হিংফম লৈত্রবনি!

৩

চাংজৌ লমদম ওইবগী মাগী পন্থেং খঙদরিবনি,
ঈথক হাকনা চাওদ্রিবনি,
তুংশিং অতুক কনদ্রিবনি!
হোরেন ঈপাক য়োরগা মহোয়গী চৈথা খঙগনি,
অঙকপা অকিবা মশক্লি য়েংউ কোক্তা খুং হাপকনি

৪

ৱাকয়ৈ হিরম খঙনা হিদম্মু থুমু নৌহোংস্নু উনদি,
হিরম অতুনা চুমত্রগদি,
ঈয়াই লমদম য়োরগদি,
হৌজিল্লক মায়কৈ থুদিংগী চৌংগুম চাওবা ঈথক্লদি,
কমদৌনি শিংলক্কনি 'মুক তমথিবা হুংশিংনদি !

৫

য়েংউ আদা তৌরিবসে লম্মুক্লরবা নিপা অসে,
হুমিংস্নু থাস্নু থোকখিদরে,
মঙান কৌবা 'মতা উখিদরে !
খাকপনে লাওবনে নোংনস্নু অতং অখম লৈখিদরে,
মরক মরক্তা নোংথাংনা অকি অকিবদা মউখরে !

৬

হিবান্নদৌরা নেমত্রিক নেম 'কায়বা ফত্তবা হিগ ওই,
হিহুংস্নু ঈশিং চঙশিল্লক্লে,
আহু লুপফেৎ লুপফেৎ তৌরক্লে।
নৌরেনগী থুংহোং লেপখরে মকোক্তা মখুং হাপখ্রে,
মমায়স্নু পুম্মু মুশিনখ্রে লৌশিং অপুম্বা মাঙখরে !

৭

থোংথাফম কোয়না য়েংবদা হিনাও কাওদোন্দা মঙাইরে
লুপথরক্লবা ৱাকয়ৈনি,
হিনাও 'সিস্থ লুপথর'নি !

লুপ্লনি হায়বা খঙনা খঙনা হিনাও কাওদোন্দা কাখৎলি,
অসি য়ৌরবদা হিনা লুপলোইদবা করি লৈরি!

৮

আহু অমুবা নোংগী মরক্তা অঙৌবা ফিরান পাইরিবসে,
ঈথক অপুম্বা থুগাইখিবা,
লাঙঙমদবা ঈপাক লানখিবা!
য়েংউ কয়া নিংথিখরবা চাংজৌ থক্তা কাপ্রিবসে'
হুংশিবা রাগিনী কয়াবু শক শোন্দুনা য়ৌপ্রিবসে!

হিজম অঙাংহল সিংহ
এপ্রিল, ১৯৩৩ ইং

---

## অরেম্বা-নত্তে

ঈচেন তাংথক লৈতবা,
অমৃত ঈচেল ওইরবা,
পূন্সি তুরেন মপান্দা,
কনানো হন্না য়েংঙিবা?
নপোৎ নরন কাওবরা,
মরূপ কনা কায়নবগে
হুংশি কনা লৈহৌরবা,
করি পুক্লিং লাংতক্লি।

নিংথিবা পুন্সি তুরেন্নি,
হিদেন হিদেন লৈরিবনি,
হিদেন মতাদি ফবদা,
খুবম চেৎনা কুমথজো।
হিদেন মশিং খঙঙকউ,
খোঙ্গুন মুন্না য়েংঙকউ,
মণিমুক্তা তারিবনি,
পোৎশক মুন্না খঙঙকউ।
হেদো নাহৈদি তমচুনা,
তৌরাং ফকতা ওনবনা,
পাঙ্গল মমল শকইবনি,
মঙোন্দা মুন্না হঙঙকউ।
ধর্ম্ম, কায়দবী সত্তীনা,
তাইবং হায়বা মপোক্তা,
নিপা ওইনা পোকপগী
তাইবং মমল তাকইবনি।
লাকউ তৌরৈ মতুং ইন্না,
তুরেন মাগী তারুফমদা,
ফংগনি ঈপাক অচৌবা,
তাইবং সমদ্রু কৌবনি।
লোক্তা তারবা মণিগুম,
লৈবনি নংগী লকান্নুংদা,

মণিগী থাউমৈ পায়স্তনা,
লম্বী অদোমদা কুম্মকউ।
তুরেল অতুগী তারুফম'
তাইবং সমক্রু মপান্দা,
নমায় নোংথক য়েংতুনা,
হঙঙ্‌নু কনাস্নু থুম্মকওই।
তুরেল অতুগী ঈচেন্দা,
ঈপাক অতুগী ঈথক্তা,
হাননা পাউখুম লৈরবনি,
মঙোন্দা হংতুনা তারুকওই।
তাইবং সমক্রু লৈখাদা'
হী-য়াই য়াম্না তারিবনি,
মমল য়াম্লবা ঙাক্তনি,
অমাং-অতা লৈতরবনি।

হিজম অঙাংহল সিংহ
মে, ১৯৩৩ ইং।

# ইরৈপাক।

ইরৈপাক্ ইরৈপাক্ উজদ্রি নংগুম্বা।
নংগুম্না হুংশিবা পুক্নিংগী পেন্নবা॥
নোংপোক্কী কোরৌ খোংথাফম ভারতকী শমজ্রি লাংদাইফম
প্রকৃতি ইমাগী হুংঙাইবা শান্নফম।
চাক্লবা থম্মোইগী অৱাবা কোক্নফম॥
কুংন পানবা মহৈ মরোং চুম্না শাৎপা ফৌগী চরোং
মিৎয়েংগী লম্বীদা অইংবা পীনবী।
নচাগী ৱাঙুনা চেংজেন্দি হুল্লিবী॥
কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংমক্তা চাংয়া তময়া পুন্নমক্তা
পোম্বীনা চেক্লানা নগুণদো শকচরি।
শান্তিগী অচিকপা ঈরাদি শিন্থরি॥
পুকচেন তপ্লবী নংগুম্বী নপারী লুনা তৌজবী
শামান্নবী নতারোই কনাদি লৈৱগে!
নংগুম্বী ইমাবু কদায়দা য়াওবগে!!
অকনবা ময়াম পোকচবী অথৌবা ময়াম য়োকচবী
বীরেন্দ্র টিকেন্দ্র নোংশারেন নপারী।
ভারতকী পুয়াদা মমিংদো শোন্নরি॥
চিংথংলেন নিংথৌ অথোইবা ভক্ত লৈরাংলেন লূহোনবা

সনাগী মুত্তি জয়সিং নিংথৌরেন।
মাতৃগী থৌদাংদা থৌজংবা থৌবুরেন ॥
বৃটিশ লমখাই পন্থেংদা নিপা থোক্লবা লাম্হোংদা
মিংচৎকী শিদউ থারম্বা নোংশা'নি।
গম্ভীর নরসিং লাইপোক্কী নচানি ॥
লৈবাক্কী রায়েল লাংলোন্দা য়েক্লবা-য়ৈখাই লাল্লোংদা
প্রজাগী পেন্নবা থৌরমদা লাইরোইবা।
ঈশ্বর কোলোয়না কোরৌগুম ঙানখিবা ॥
মিংবু ফানগে চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌসিং কোকথক কীরিত্তি
বৃটিশ সন্মানবু লৌশিংনা লৌখিদো।
অরাংগী থরানগুম মাঙদনা ঙাল্লিদো ॥
অসুম্বা নচা পোক্লুনা নমান্ন' মাংজিন থাহুনা
অয়ুক্কী শজিক্লুম মোংমান্দি নোক্লম্বী।
শক্লেনগী মিরেন্ন 'তিয়াদ তারম্বী ॥
ফত্তবা মীচা কনানা কল্লকপা মৈনা চুহুনা
তাথিরা হায়হুনা ইমাবু চেম্থরে।
ইমাগী ফিনাদা অমোৎপা তৈররে ॥
নৌনা হৌরকপা নচাশিং ইমাগী থৌদাং কাউবশিং
অসুম্বা ইমাগী মিংথিবা লৈরিবা।
কোকহনগে নীংদবা কয়াদা পংলিবা ॥
নপারী নোংশা খিবিক্তি চংখরে কালগী খায়াত্তি
মচুগী দমক্তা তেংথারি ইমানা।

খন্দরে মতুবু লৈহৌবা নচানা।
মৈতৈ মিংলেন্দি কৌরগা মাতৃ থৌরাংদি কাউরগা
নাপনগী ঈঙাংনা ফিজোন্দা তৈরিবা।
নরকী লৈখোম্না লাইবক্তা থিল্লিবা॥
পাংলবা নচা ময়ামসে লৌশিং শোইনাইবা পুম্বসে
লাকখিনি অমুক্তং ইমাগী তম্বাক্তা॥
ঈশ্বর পোকপী পলেম-ও নরসিং য়োকপী দেবী-ও
মিত্তুগী ঈরাদো অমুক্তং তৈথোকখো।
থাইনগী মীনোক্তো অমুক্তং নোকপিখো॥

অরাম্বম দরেন্দ্রজীৎ সিংহ

---

# বাল্মীকি।

( রাঃ কুঃ শীতলজিৎ সিংহগী "বাল্মীকি"দগী লৌথোকপা )

মহু-লিশিং পানবা লিল মাগী মশকপু
ওইরদুনা পাপয়াম্না চিকপা হৌরে মহাকপু
করি-করম তৌরগা পাপয়াম কোক্লি খল্লক্রে
দুংশিরবা থরাইদো তম্না থাগে নিংলক্রে

হিংলুত্নুনা কদৌনি ঐগী কনা লৈত্রদা
অসি হায়না থনবনা রাম্বতুনা তুখিদা।
য়োংত্তুম-গদা থাদোক্লে রাম্বরেদো মীহাৎপা
ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈরগা হম্বরকই মীওৎপা।
মিৎলু অনিত্নুদগী তরং লাইজ শিন্থরে
কপ্না কপ্না চেনখবে সন্ন্যাসীবু থিখরে।
খোংদোই য়াংনা হুন্দুনা ব্রহ্মা-নাকপু য়ৌরুরে।
মখোং খুয়া অনীদা তুরত্নুনা হায়রুরে।
ভক্ত-সাধু অথঙবা, তাকপিয়ুনে ননাইদা
গতি লৈত্র ননাইদি শিজ্জরগে ঐহাক্তা;
পলেম-পম্বৌ অনীমক নুপী মাসু য়াওননে
লোইনমক্তা হংলুরে অমতসু য়াদেনে,
ইপাপ শরুক যাবিবা কনামতা য়াওবিদে
ইদোম ইথন ইরান্নং লোইদৌরিনে ঐহাক্তে।
মালেম লৈকোইরুংসিদা পোক্লকপসু ইথন্তা
শিরমদাইদা প্রভু-ও ইথন্তনি ইথন্তা;
খঙলক্লেনে হৌজিক্তি হিংনিংদরে ঐহাক্তো
মালেম তাইবং থাত্নুনা চৎনিংলেনে ঐহাক্তো।
তাকপিরোনে ননাইদা তোল্ল-তার ঐঙোন্দা
পাপয়াম অসি কোক্তুনা লানগদৌবা লম্বীদা
ইমা-ইপা অপুম্বা থাদোক্লগে তন্নমক
হিংনিংদরে ঐহাক্তে হিংবা মখোইগীদমক।

করি তৌজো হায়বগে তাকপিবদা তৌজনি
মতৌ করম তৌরগা ইপাপ-অসি কোক্নি ?
মতৌ অতু উবদা হুংশিন্নুনা ব্রহ্মানা
তাকপিরকই য়াথংবু তৌগদোবা মহাক্না,
আদা লৈবা পুথ্রীদা ইরুজরু কুমহুনা
নশা অত শেংলগা তাক্লি পাউতাক ঐহাক্না
ব্রহ্মা-য়াথং কোকথোংনা' রত্নাকর চংখিদা।
ওস্নোকপনি পাপচেনবা মানা য়োবা মক্তুদা
ইমায় চোন্না লৈরম্বা পুথ্রী জাগোর অচৌবা
ঈশিং ইরিক অমফাও লৈতনবু কংখিবা,
পাপকী দণ্ডি কয়াদা চাওনা ফংই খনবদা
ব্রাবনবু খমথেংখি তন্না তমখি ব্রহ্মাদা,
ঐগী ইশক উবদা পুথ্রী ইকং ওনথরে
চাওথ্রবোইদা ইপাপতি গতি অমা লৈতরে।
রাফম অসি তাবদা মোমোন মোমোন ব্রহ্মানা
কমণ্ডলু পাইখৎলি চাইখি ঈশিং লৌহুনা,
কমণ্ডলু ঈশিংনা শেংদোক্লবা হকচাংদো
মন্ত্র পিবা য়ারাম্ন তারক-মন্ত্র তাকপিদো,
মহামন্ত্র অথোইবা তারক-ব্রহ্ম-মিংথৈদি
রাম কৌবা মিংথৈদি তাকপিখিদা তন্নদি।
রাম রাম শোন্দুনা মপাপ পুম্বা কোকখিদো
নামগী মগুণ উবদা ব্রহ্মা ফাওবা ঙকখিদো।

নামগী গুণদি কৈকহায়নি অমুক্তবু শোনবদ:
কোক্লকপদি পাপশিংদো মীওই মপোক অমদা
পাপী মানা তৌজবা মপোক'মগী পাপশিংনা
রাৎপতনি হায়রিয়ে শাস্ত্র পুম্বা তিন্দুনা ।।
মচিন-মরৈ পান্দবা মরোল লোনবা ঙমদবা
উপাল-রাপাল পুম্নমক লোইবী চিংজাও অচৌবা
মখোই খিবিক অসিসু সাধু-লাইশোল তাবদ:
খোম্থাং কন্না য়ৈত্তনা অরাল খুভম ফংজৈদা ;
শোনগে হায়না শোন্দবা অতুক মপন্থোকউবা
অতুগুম্বা পাপী ফাও নামগুন্না লাল্লিবা
হুংশি হুংশি শোনবদা য়েংথি য়েংথি চৈবদা
পল্লুবগী মহৈদি অরাল-খুভম ফংইদা ।
অঙকপনি অঙকপা তমফম খংদ'মশকনি
কবি-খোজৈ মায়থিদা মগুণতনা হেনবনি
অমুরক্তা শোনবদা রত্নাকরগী পাপ কোকপা
ব্রহ্মাণবু ঙকখিবা করম্নবু হায়দোপা
ঙম্বা নত্তে লিজবা ঐগুম্বদি তোনবনা ;
তোনবদসু নত্তনা পাপসু কন্না চেনবনা
থম্মোই লকাহুংদবু লোৎলম্বদি পাপ পুম্বা
রাম মিংথৈ শুমজিৎনা থাক্তমথৈ শিংখিবা
রিপু তরুক শান্নফন ওইহনবু লৈরম্বা
ডাকু মাগী হকচাংহু হরি মন্দির ওইখিবা

থম্মোই-লকান্নুংত্তুদা নামগী আসন থাখিবা
পাপকী পুকচেল থাডুনা নামবু চেৎনা কোনখিবা
তাইবং-মালং মপুগী যাড়ু হৈবা মহাক্কী
করম খঙনি ঐখোয়না লৌনম মায়া মহাক্কী।
রত্নাকর মহাক্কা লৈরম্বদি মফমদো
মফমডুগী অকোয়বা পাক্কা চাউনা কোনবনো
মলম্মা-নুংশিং নামিবা হৈনম-লৈনম নম্বোবা
তৌররেদো থৌগলবু হৌরে লিরি-শিৎচবা ;
খাক্লেন য়াকপা নুংশাবু নুংশিং নুংদা লুপ্তুনা
য়েনিংহুম্বা ঋতুগী মেংবা শক্কম লৌখিনা
হৈপাল লৈপাল নিংথিখি উরি-উনা তেকথংখি
অয়েংমিৎপু ঙকহনখি পুক্রিং থুদিং শুমহৎখি।
মনাই-ভক্ত লৈবা-লম হরি মানা লোয়নফম
তশেং তশেং উৎখিদা ওইথি পুক্রিং শুমহৎফম।
পিক্কা তোন্না থনম্বা মহুম-মচা স্বার্থদো
রাম মিংখৈ মগুন্না তাইবং মহুম ফংখিদো।
মপা-মমা নুংশিবা পারোল-পুরোল শনখিয়ে
তাইবং-মালেম শক্তম্বু মমা শক্তম ওনখিয়ে,
নাইতোম তানা লৈরম্বা জীব মাগী আত্মাহু
ওইখি তন্না থুনদা চাওবা আত্মাহু
থন্নুংদগী ঙংলকপা খোঞ্জেল মাগী নুংশিবা
নুংশিরোলদা খঙখিদা অঙকপনি অঙকপা॥

য়ুমদা হনবা কাওখরে পন্থৌ-পলেম-কাওখরে
হকচাং-তংখায় পুরিবী হুপী মাস্সু নিংদরে ;
তাইবং পুম্বা কান্নবা পারোল-পুরোল লান্নবা
রামগী নামবু শোন্দুনা লৈগে নিংঙ্খ্রে মীহাৎপা।
রামগী ভক্ত মহাকপু শারি ওইনা ফংবনা
চ্যবন মুনি মহাকপু য়েংখ্রে রান্না শেন্দুনা
রত্নাকরগী মমাস্সু মহাক্কীদি হুপীস্সু
রামগী থুয়া চঙতুনা ঙমখ্রে লৈবা মখোয়স্সু ॥

শীতলজীৎ

---

# অমর কবিতা।

মমাংঙৈদা অতুঙৈ অমম অঙান শিন্নঙৈ
পেন্না খোংখি থম্মোইগী বীণা
মমিৎ তাঙবা অহল অমা
কোয়না চৎপা শৈশকপা।
চীং তুরেন লান্নবু চোরফোন পাম্বী মরক্তা
চৈশু থুত্তা পায়তুনা
ইশৈ শকপা ফজবা মুক্তি

ফজরেদা ওম্বোয়া !
থাপ্না লৈবা দৃশ্যনা
লৈচিন নোংকাই লোয়নবা
থোইনা পুক্লিং হুবগুম,
হো-থ্রবা নংগী কবিতা
পুক্লিং হুরেদা ওম্বোক্সু !
হৌথরে কয়া কয়া শতাব্দী
মুৎখরেনে কয়া কয়া সাম্রাজ্য
নানথোকপা ভমত্রি মীওইবগী পুক্লিংদি
নংগী কবিতা লাংদগী।
নানথোকলরোই ঐথোয়গী পুক্লিংসে
লৈরিবা মথৈ পুক্লিংনা ;
নানথোকপস্থু পামদরে, হে শৈশকপা অথোইবা
নহাক্কী ফজবা লাংদগী।

থরগী মতম লৈরগা
অমস্থু লাকখি হুপা অমা
লাউরেনগী লুহুপ উপ্‌পুনা।
অল্লস চৌংগী নাপোমদা
শাৎলিবা লৈরাং ডাফোডিল
চিন্নদনা কেনবদি কল্লকইদা ফবিনা !
থায়না মৈচাক থাগুহুনা ইরম্বা লুংশি কবিতা

মতমগী ঈপাক লান্নবু
ঙসি ফাওবসু হুংশিরি।
নিংথৌ কয়া নবাব কয়া
কয়া কয়া নিংথৌরেল
লাক্লম্মগা মুৎথরে মঙদা উবা মুক্তিগুম।
তৌইগুম্বসুং নহাক্কী কবিতা
কায়নবা খুৎনা ইরম্বা
মুৎকনি কৈদৌঙৈ নিংশিংবগী লামাইদগী ?

মমাংঙৈদা নোংমসু ইঙাগী অহানবা হুমিত্তা
কনাগুম্বা 'দক্ষ' অমা উজ্জয়িনী কোম্নুংগী
থা-খি মাগী মেঘদূত পুক্লিং হুরবা রাহৈনা
চৎখ্রে ঙসিদি কদাইদা মালবিকাগী 'দক্ষ'
হুংশিগী মৈচাক্লা ঙাওরবা ?
চৎখ্রে ঙসি কদাইদা
মমিত্তা উরম্বা নোংগী মপৈ ?
অহুবু মাঙগনি কদাইদা
মহাক্লা থা-রম্বা মেঘদূত ?

লৈথ্রে কদাইদা কবিতা
হৌজিক্কী নিন-খোংবা মরক্তা ?
মমথরে অতিয়া কারখানাগী মৈথুনা

লুপখরে সহর
ট্রাম বসকী অনিনবা মরক্তা।
মতুং ইন্না মতমগী তোৱৈ
ভাউথরকলি হাপু মপৈ মপৈ
মতমগী ঈচেল মথক্তা।
থনক্রে দৃশা অমোৎপা মপৈনা।
অতুবু, অমোৎপা পুথ্রী ময়াইদা
শাৎপগুম থম্বালনা
থোইনা হেন্না পুক্লিং হুনা,
শাৎলি অমর কবিতা, শিফদ্রবা কবিতা
অতৎপা লৈতবা মীওইবগী পুক্লিংদা।

ৱাঃ কুঃ ঝালজীৎ সিংহ

---

# করিগী খুনগৎপিদবা।

পলেম ইমাও!
নমোস্থু শিঙ্খাবিরহু ঙসিদি
যুবরাজ বীরধ্বজ—

'খোয়গী লম্বাদা লেংলকনি —
ইতা থম্বালনা তম্লকই।
তাকাপিউ ইমা নমোমদা,
করম্না শম্লাংসি পুনসিগে?

ইমা! ইমা শেৎচরগেমি
রেসম ফুরিৎ, ফিগে ফনেক;
চিঞ্জরগেনে কুণ্ডল নাইল,
পিবিরো ঙাঙ্গোই পরেং!
ইমা করিগী ঙকলিবনো?
নমোম্নু শিন্থাবিরনু ঙসিদি।

পনবিরমগনি থাজদে
নিংঙোল শরাই থোঙ্গান্দা,
চৎখিগনি মহাক্তি;
উজ্জহৌবদি ফংগনি
নুংশি চেংলৌ মহাক্কী।

ইমা! ইমা নুংশিবী
নিংথৌ মজা ইবুঙো
লেংলক্লগনি যুবরাজ,
চিঞ্জরগে পিবিরো
থেংখরেনে কদায়নো?
য়েংউ ইমা লেংলক্লে!

স্ন-থোঙ হাংখরে—
কোরৌ মশেক্ল লৈরক্লে;
দোলাই কাংমাই লৈরক্লে।
পিবিরো ঙাঙ্গোই পরেং!

চরৈ মাইখুম হাংদোকচ
নিঙোল থরাইনি থমজবা;
থদংচরে লিকফাং ইঙক্তুগী,
শানৌ মাংদা লংথজরুবদি
নেথংখরে ইমা নেথংখরে
দোলাই চাকানা মালেম থক্তা
ইচোয় চোয়রে উফুল্লক্তা।

তাকপিরো ইমা তাকপিরো,
নমোমগী হুংশি খুদোল,
নিঙোল থরাইনি থমজবা
করিগী থুঙ্গংপিদবা,
তাকপিরো ইমা তাকপিরো।

বেদজীৎ সিংহ

# লৈবিয়ুকো ইনাক্তা ।

কদায়দগী করম লাক্কুনা থেংনবনো খঙহৌদ্রবা
মেরাথগী থানিন্দা ঈমায় চোল্লবা লাইজনা
পাথোক্লগে মতাগুম ইংনা নীক-নীক লাওগুম্বা ঈপাম্থক্তা
মালং তান্বা ঙমদাই ওইরগা লাইজ ঈপোম ঈরাইনরগা
লেংরুগে মতাগুম থাজ ঈপোম লাংলগা
থেক্লা-নৌনা হায়না-হুন্না শকহেনবী
লৈরাং থরোগুম ফজবী শক্লা থৌগাই ওইরবী
অমবু থম্মোই মিংলম তারুরে ।
মাংদা লেপ্লিবী মেংনা ইচিক্লনা ফজবী মহাক্কী শক্তম্না
থেক্লা নৌনা অউবা কনা য়াওখ্রগা খোইরাংখিনি মতাগুম্না
মহাক্কী ফজবা মশক্তম্বু মদোম পুঙমদবনা
লৈনা-লানা খাংবদা মশা মদোমদি খঙজবা লৈতনা
খোয়খোইনবা শক্তম্না মাগী ওইরবী
পুংয়ান ওইবা মাগী নৌরবা শাথেক্তা
শোকপদা কাইখিদবোই নিংবা থোৎনা-মেংলবা
ইনিন অমা ফাওরক্লে ।
মহাক্কী ফজবা শাথেক্কী ইচিক্লনা মেংনা হাইদোরকপা ইনিন্না
খিত্তা থেংবা য়াত্রবা—তপ্পা হুম্বা মালংবগী হৌনশা

ছুমগেদা থৌরাং তৌবদা ইনিন হান্না ফংহুনা
মদোম মথোন থোকচগে থৌরাংলিবা তনীক-তনীক লৈরবা
ঐগী থম্মোইদা তিংলিবা কুপ্লবা তারদা
তপ্পা তপ্পা মাগী ইনিন্না শোক্রমবোই
থম্মোইনুংদগী খাম্বা নংহৌদনা মিরবা খোঞ্জেল অমা থোকখ্রে।
খঙহৌদ্রে ঐহাকসু—ঐনা কল্লকমীহৌচাওবা ওইহুনা
নংগী শাথেক থিত্তুংদা উবদা ঐগী থম্মোইনা নৌমনখিবনা
তাবিবা কনা য়াওদনা থোকখিবা খোঞ্জেল ওইহুনা
ইদোম ঐগী থম্মোই নাকোংনা তপ্পা ইহুল নাইনা তাহুনা
ফোঙডমদনা লৈরবা থম্মোইগী ৱারোনগুম
ইদোম শরগা ইদোম থম্মোইদা চিকমাংনহুনা
নহাক্সু তাবিদনা অরেম্বদা নাকোইনহুনা তোকখিবরু ওইরিব্রা ?
অহুবু নহাক্না তাবিদ্রবসু—
হুংশিদ্রা য়েংঙু, অমুক্তদি—নংগী ফজবা শাথেকী শহুন্না
তোইনা-তোইনা য়ৈরবমাল্লে ঐগী কুপ্লবা থম্মোইগী তারসিদা
তত্তুনা মিরবা খোঞ্জেন্না খোন্থাং কয়া থোকহন্দুনা
নংগী ফজবা শাথেকী নৌনা কুংলবা তাম্থানুংহুদা
কনাগী ইথিন য়াওদনা মদোম তুমিন্না
কনাবুসু তাক্লুনা লৈশিন-লৈশিন চঙখিহুনা
নংগী শাথেকনুংদা তিনখ্রেনে ঐগী থম্মোই' মিরবা খোঞ্জেনসে।
ৱারৌনু—মীহৌচাওবা ঐহাকপু, খঙভি ঐসু—
ফজবা নংগী হৌনশা লৈরমগনি নংগী থম্মোইগী অচেৎপা চান্নরোই

থাজগী চান্নরোইনি খঙলবা ঈপান্থকী শকহেনবী থরো উবদা
থম্মোই কয়া লুঙঙোল কঙঙাওননা কল্লক মিতানবগুম
নংগী নশক হেনবনা লুঙঙোলদবা ঙমদবনা ঐহাকস্মু
থম্মোইদা য়ৈরবা নংগী শহুয়া

ফজবা উবগী হৌনশা থিঙঙমদনা থোকখিবা
ঐনা মীহৌচাওবা ওইরবস্মু ফজবা নহাকথং ঐনা খোইরাঙঙ্বনি।
নংগী শাথেকী শহুয়া য়ৈরহুনা থম্মোইগী চিক্লা থোরক্লবা
মিরবা থম্মোইগী তাবিবা কনা য়াওদ্রবা ফোংঙমদ্রবা খোঞ্জেল

ফজবা উবগী হৌনশা থম্মোইনা কল্লকইশৌ লাংলিবা
ঐনা থোক্কে শাহুনা থোকহনবা
ঐনা কল্লক্কে—লৌনমনা কল্লকপবু নত্তেদা
তাও—ফজবা নহাকথংগী থোরকপা থম্মোইগী
মিরবা লুংশি য়ারানি।

ঐগী থম্মোই ফেঙাঙমদ্রবা রারোলগী মিরবা থোন্থাং তারগা
কল্লক-চাওমনবনা মদোম থম্মোই কাইরহুনা থোরকপা
য়ারানি শন্দুনা

উহনবিদনা লোৎখিন্নু—ফজবা নংগী নশক্তম,
নিংথনা ফজবা নংগী শাথেক্লা য়েংজো হায়বা মতাগুম
নংগী মোমোন্নবা মাইথোং উংলগা
নৈলবিয়ু ঐগী ইমাংদা ফজবা শাথেক্লা
য়েংঙুরগা নংগী ফজবা নত্তৌবু ঐগী থম্মোই পেনবা ওইজগে।
কল্লকচাওবা ইপাও তারগা—

লোৎখিত্নুনা ফজবা নশকতম মাঙখিবা থোক্লবদি ইমাংদগী
থাংবা ঙমজরোইকো ঐহাকতি নংবু উদবগী মৈচাকতো
থোরক্কনি থম্মোইদগী খাংঙমহৈবা অহাবা মৈচাকখোল
করিগুম্বদা নহাক্না মীহৌচাওবনি খন্দুনা ফজবা
নশক উহনবিদ্রবদি

কনানা তাবিগনি ঐগী তেংথাখোল
নুংনাংনবা রাখন্না তহীক্লনা লেন্নবদো
হৌজিকসু ঙমজদ্রে ঐহাক্তি নংবু মিকুপ অমতা উদনা লৈবা
করম্না খাংহৌগনি মতমত্তুদা ঐহাক্না।

কাইখিন্নু, লেংখিন্নু মাংদা লৈরিবা ফজবা শকতমসে—
ফজববু কল্লক মীহৌজবতা থংলবা নুংশি চাওবা ঐহাক্নি
অপাম্বনা থুম্মৎতুনা লৈরক খাইনা নুংশি-হৈতনা চঙলগা
ইনিং তৌনা হেকচবা ঙম্বগী ইথৌনাসু লৈজদবনা
তমথিরবা ইথুৎনফাওবা করিনুংদসু শোকচদনা
ফজনা লৈবা শকতম্নু কাইদনবা
কোমগোম থমজরগা চিংনা য়েংহনা
নংগী ফজবা শাথেক্নী ইনিনতদি ফংজনবা লৈজবা পানজবনি
মাংদা অসুম থেন্দুনা থমজরগা নংগী ফজবা ইনিন্না
ঐগী থম্মোই তারদা ইহুন নাইনা য়ৈহনবিরগা
নিংথিবা শৈহেক থোক্কহনবিদুনা ফোঙঙমদ্রবা
চোইরোনগুম্বা ইপাওবু
তাইবং শন্না নাকোং থুংনা তাহল্লগা

ফজবা নশক্তম উচ্চবা ঙম্বা
মচুতবু পামজবা নিজবনি নংবু ইনাক্তা লৈবিনবা।

খুমন্থেম ইবোহল সিংহ।
তাং ৭।১০।৫৪ ইং

---

## "মহাককী লিচিংদা"

১

লৈমায়থক্তা কন্না হাইথখিববা
মীকুপমতং লৌশিং মাঙসুরবা তুংদা
মাইগৈ থুদিংদা কোয়ত্থনা য়েংলকই
অরাবা মীকপনা খংনা লাউরকই—
কনানো ঐগী খুৎপু চেংনা পাইরিবা
কদায় য়োনা ঐবু পুগে থোরাংবা ?

২

ঐনা মীকপ থোকলকপা মতমদা
মাইগৈ থুংনা তথকনা য়েংলকপদা
লৈরমলে ঐদি মীওইবনা কোইশিন্দুনা

উরুবদা মখোয়গী রাখন্দা শুঙ্কাৎখিবনা
কাও থ্র-হৌখিবদনা কদায়দা লৈরম্বা
নিংশিঙদ্রে—হান্নদা করি ওইরম্বা।

৩

শকখঙদবা অমনা খুজেঙসি চেৎনা পাইখিবনা
ঙমদ্রে ঐদি চৎচবা ইনিং তৌনা
মানা ঐবু লেপ্তুনা—লেপ্তুনা চিংলি
নাম্থোকপা ঙমদ্রবা ঐসু অতুমক ইল্লি
হন্নফাওবা য়েংবিদে কনথ্রবা থম্মোইনি
পোথাদনা চিংবতনা মাগী মথৌনি।

৪

মরুপকী তুংশিবা হ্লাঙাংনা থৌনা হাপকৎপি
পাংথোক্কদবা থবক কয়াসু কোকথক্লা থেঙ্গৎপি
অথৌবশিংগী থৌদাং কয়াসু ঐহাক্না কল্লকউই
মখোয়গী লম্বেলতু তুংইনগেসু খঞ্জরুই
নাপল তৌরবা পুক্লিংনা থনদবনু লৈরমদে
চাওরম কারবা থম্মোয়না কনাবুসু কিরুদে।

৫

উদ্রে ঐগী নাম্থোক্লবা উপায়
খাংলগে মাগী কল্লবা থুংপাই
পুরসঙ্গ ঐবু পুনিংবা মফমদা
পোথারগে মানা পোথাবা লমদমদা

অত্তবু চোকথবা লৈতে মহাক্তি
মঙোন্দা শান্নপোৎ ওইরে ঐহাক্তি।

৬

চিংলি মাদি—ঐবু লেপ্তুনা চিংলি
তুংঙংবা খোংথাংনা মাংথঙববু ইল্লি
চমলবা নারাগী লমদমন্থু তুং শু'হৌরে
থিংঙমদবা রাখলনা নিংশিংবতা মঙাইরে
কল্লকই লমদমন্থু ইনিং তৌনা শান্নজরম্বা
ফংলরোই স্বর্গদা অমুক্তংগা য়োক্তবা।

৭

য়ৌরকলে লমদম'মা অনৌবা মফমনি
হায়রকই অখঙবনা 'মথোক কারকপা' লৈপান
লম্খেল খুদিং থুংনা চৎলুবদা
মাইগৈ খুদিংদা কোয়না য়েংলুবদা
খুদিংমক্তা ঐগী থম্মোইবু পেনহল্লি
তুংঙাইবগী লমদমদি অসিতনি খঙহল্লি।

৮

মিকুপ'মফাও ফংখিদে লমদমন্থুদা ঙাইহাক পোথাবা
অরেম্বদা তাহনখ্রে চেৎনা খুদম শিংউবা
তিংখং মৈরক ফাওতুনা ঐবু চিংবিরে
ঙকচাংলে হোগায়বনা ইহং নাইহং শাথরে
ঈশ্বরগী খুৎশেমবু পেন্না য়েংনংবা ইমিৎনি

চৈনাখোস্তনা শিগী তুংফম ওইহনববনি।

৯

থাদোক্লয়ে মফমসি চংশিল্লক্লে মাংলোমদা
ঙাইহাকস্থ মিৎকুপ্ত ময়ামন্থু নিংশিংবদা
কপ্লগা লোয়নখিবা থৌদোক কয়াভুনা
নিংশিংলি ঙসি হৌনা নোক্লুনা
হয়াওহনবতনা ওইখিবা থৌদোকস্থ কয়'নি
নিংশিংবদনা পিরাংগী পাঙ্গল হাপকৎপনি।

১০

এঃ অনৌবা লমদমস্থ মাংদা উরক্লে
হৈমা! অস্থম অস্থম নক্লক্লে—
"হন্থরক্লবা পাঙ্গন্না অৱাবতা ওইহল্লি
খুদোংথীবা লখানা লঙনরি, কিহল্লি"
'লমদমসিদা লাক্লন্থ' খুৎ'মনা হাইরকই
অভুবু চেৎলবা খুৎপাইসে নাস্থোকপা ওইররোই।

১১

লমদম কয়া ফাওরক্লবনি ঐদি
শুনা থেংনরক্লবনি কুঙাইবা অৱাবদি
চংশিনগনি হয়াওনা খোংথাংস্থ তুংইন্না
য়োদফদবা লমদমনি কান্নদে নিংহন্নবনা
খুদোংথিবা কিভুনা পুন্সিসে লমথৈরোই
অনৌবা লৌশিংবু তমদবা ঙমজরোই।

১২

ঙুঙাইবা থেংনরে ঙুঙাইবা ঙাক্লি য়েংখিবদা
অত্নবু মিৎকুপ্তে লমদমত্নু লাম্থোকপদা।
অৱাবস্নু অত্নমঙাই মপৈমা থেংনরকই
লৗচিংনা লেপ্তুবনা মত্নস্নু নাম্থোরকই
মখল কয়াগী অৱাবনা থম্মোইসিস্নু কলহল্লে
অনৌবা মখলগী অৱাবা লাকঙমদনা থেংননিংলে।

১৩

অসুম্বা লমদমসিস্নু থিন্দনা তুংওইনরনি
অনৌবা লমদম'মা য়ৌনবা চিংলনি
য়েংউ! মিৎকুপমতং পোত্থানবা মফমসে
তোর্ব্বান্দা শেমত্নুনা থমলিবা চিত্তাসে
মিৎকুপ্তা য়ৌরনি লমদম অসিদা
পোত্থাবগুম নিংগনি ঙাইহাক্তুং য়াহিপ্পদা
নত্তে, নত্তেকো! পোত্থাবা, লৗচিংদগী নাম্থোকপা
লোইরে নিংবদি উৎপনি পুক্লিংগী অপিকপা
লমথুংফম পোত্থাফম নাইদবনা মহাক্নী খোংচৎনি
অশিবা, মত্নবা নাইদবনা থরাইগী মওংনি
লেপ্তে, পোত্থাদে, নাচুংদে, মাদি চৎলি
নাম্থোক্তে থরাইস্নু কিনা কিনা তুংইল্লি॥

বি, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা।

## মৈতৈ লোন।

কদাই নংগী বীনাদি
অত্তুক নোবা স্নুরদো
মৈতৈ লৈমগী খোনাঙদো।

থাপ্না লৈবা ইথৎতা
তংতনা নোংনা খোংবদি
য়োই ঐখোয়সিদদি
অঙোবশিংনা লাকত্রিডৈ
মথন্নত্তা ভান্ডারডৈ
খোংলম্বদাই অঙ্গুডৈ।

করি তৌরে হৌজিক্তি
নরাই লুকলি কন্নিগী
থাৎপরা শক্তি নচাগী,
বংদেশ পালা লাকপনা
ইকাইবনা ফিরুক খুম
লৈবরা কৈস্নু লৈতগুম?

ঋতু তরুক্কী মংবম্মা
ওইরি হায়বা কাওবরা
কন্নিগী তুংহন চান্নিবা?

খোংউ লৈজ' খোম্থোক্তো
শকউ ইশৈ অপুম্বা
তানি মখোয় অপুম্বা
হৈনৌবনগী লৈহিবু
চুপচরিবী চেক্লাদো
নংগী মরুপলোইনিদো
লৌউ মচা কয়াগী
থরাই তুংফম ওইরিবা
লৌবুক নংগী রাংতবা।
পোইন্নু লোইদাম অথোইবা
কোরৌহনবা হুমিংনা
মেংনা থৌগনজরিবা
মোমোন কৌবী লৈমানা
শমনজরিবা তত্তনা
কোকথোন পুবীগী চীম্বান্না
নকৈ থন্না হাপচিল্লি
কাওই নিংথম অইংবা
ঙাইরি বসন্ত লাক্তোবা।
রাগ তরুক্কী শান্নফম
নহাক্কী থুংতা লৈতেংলে
রাগিনী লোইনা থৌগল্লি
ফজবদি গুণ অদো

নিংথি' কৌবা নশক্তো
নংগী ওইনা লৈরিদো
হরাওবগী ঈপোমদি
থায়না মৈগী লীচংনে
নংগী সুর তরেংনে।

লীতলজিং

---

# নুপা থোদাং উৎকনি।

ঈথক চাওনা কাররে, চেকশিল্লু হিহোনবশা !
নুপা থোদাং উৎপদা পুক্রিংহনবা তৌরস্নু ;
য়ৈথায় ঈথক লান্দুনা পনথুংফম য়োরবশা !
থাঙ্গৎলু রাংনা মৈরাদো তুংগী হি উহল্লু—

"লানঙম ফিরান থেংপদি তরাই-তংগাক নওংকো
হোৎনকনবা মাতনা ; য়ৈথায়পুম্বা লান্দুনা
পনথুংফম য়োরক্লবদা 'মতিক চাঈ শোন্নেদো"
মতিক চাবা ওইনবা হোৎনগনি ঐখোয়না।

নোংলৈ নুংশি লাকপদা রাকয়ৈ শেংনরবস্নু

নপাম্নোমগী পাঙ্গলনা লমথুঙ য়ৌগে খন্নসি
থবক পাঙঙমদ্রেবস্তু খাঙজুথক্তা মাংল'স্লু
অনিংবগী পাঙ্গলদি মাঙবা নাইহনগন্নুসি।
অনিংবনা লমজাং'নি চেকশিনবনা ঙাক্কনি
তাইবং থৌরম পাংনবা নুপা থোদাংউংকনি।

তাং ৩। ৯। ৪৮ ইং
ঈঃ সোনামনি সিংহ।

---

# সীতা।

সীতা সতী অখাংকনবী
রাশকচেংপী থৌনাফবী
চীংদা মান্দা হীংচা য়াইতম মরক্তা
শানা কৈনা থল্লবা উপুংদা
নহাক্কীদি রামচন্দ্র
নহাক্কীদি রামচন্দ্র
নহাক্কী পুন্সিগী আশা
পুন্সিগী ধর্ম্ম

য়েক্লবগী বন্দী, প্রজাগী চিংনবা
অগ্নী পরীক্ষা—অত্তবু রামচন্দ্র!
অরাবতা নহাক্কী, কপ্পতনা নশরুক
অত্তবু রামচন্দ্র, অত্তবু রামচন্দ্র অত্তবু রামচন্দ্র
কুনশুবা শতাব্দী!
সীতা!! সীতা!! সীতাদি কদায়?
কুপীগী খোঞ্জেল অমনা—
কান্নরোই মরুপ ফংলরোই
লৈত্রে নংগী সীতাদি;
থাইনগী মরুপ পুকফবা!
শীন্থরি পি চত্তম নহাক্কীদমক্তা
মসিনা পেল্লো হল্লো মরুপ
ফংলরোই নহাক্কী সীতাদি।

অত্তবু ঐনা থাজরসিরা?
থিখিনি ঐহাক্তি সীতা ফংখিনি।
কুনশুবা শতাব্দীগী চাওখৎপগী মৈশাদা
তিংখং পানবা মরুভূমিগী লৈরাং নত্তনা
শাংলরোইদ্রা পৃথিবীদা
কংবা তারব্রা নহাক্কী সীতা?

অনৌবা যুগকী অনৌবা খোংচত্তা
সীতা দেবীগী যাত্রাগী লম্বীদা

মওং যাওত্রবা ফিদমগী ভূগুনা
গুমগ্রবরা নহাকপো ঙগোই শাহুনা
হেল্লোইনা চেনগ্রবরা

ফৈরেং ফৈরেং উহল্লত্রা নহাকী নমিত্তা—
অহুবু নংনা মৈতৈ চহুবুদি খত্তলত্রা ?

নহাককী মেছীনগী ফিদম
মেছীনগী রাখল মেছীনগী লমচৎ
পুন্নিবা তিল্লিনবা খাইদোকপা য়েন্নবা
অহুদগী প্রেম অহুদগী অঙ্ক
অহুদগী মেছীন—

করিস্সু লৈত্রবা জীব ওইনা
উগ্রবরনে নহাকপু দারবন্না,
মাইক্রোসকোপনা, ইকোনোমিক্সনা
উগ্রবরনে নহাকপু
নহাকী থম্মোইবু।

চাবা হিংবা, হিংবা চাবা
মেছীন মেছীন মেছীন
কদাই মীওইবা দেবতাদি ?
মৈতৈ চহু লাইবক চাওবী নংবো
কপ্পতনা নশিল্লাংলনে।
চীংদা কাহুনা শীংজনবী

পাক্তা কুমহুনা অ্যা থিরীবা
অনৌবা মঙান অনৌবা পুন্সি
চেক্লো বন্দীদগী চেনখরো
কাংব্রবা নহুম চীকথৎলো
অঙাংবা, অশংবা অরাংবা
থাজদরা! থাজদরা!!

—কুরাক ওইনা পাইখরো
নংদি ফজবীনি নিংথিবীনি
নংদি তাংজবীনি
পুন্সি চুপ্পা নৌজবীনি
অমরাবতীগী লৈকোন্নি তাজমহলনি নহাক্কীদি
নহাক্কীদি নহাক্কীদি
মৈতৈ চহু নহাক্কীদি—
নহাক্কী পুন্সিগী আশা
পুন্সিগী ধর্ম্ম
নহাক্কী পুন্সিগী আশা
পুন্সিগী ধর্ম্ম॥

শ্রীসমরেন্দ্র সিংহ

## অতিয়া ঈপাক্তা।

কম্লিয়া নুংশিগী লীচিংসে
ইরুংঙা নংনা পীনবুসে।
নুমিত্তি চুপ্পদা
অতিয়া ঈপাক্তা।
লৈচিনগী নুংশি-শাম্ন-পোংদা
মনি বু তমনা শাম্নবদা
ঈপাকপু থুংনদি কোঙবদা,
লৈখিদ্রে পেঞ্জরা
নাচখিদ্রে ওকচবা,
বসন্ত কৌবীদি শানৌনা
চাম্নবা কোরৌবু পুন্থনা
কপচরি হিকনদি
পুকনিংবু শোকনদি,
হিকলবা কৌজেংগী খোঞ্জম্না
থায়ন-নৈশানদি লাংবনা,
কুপচরি মাইথোংদি
ম্যাচংবা ফিমুদি।
হারিগী থায়নবা ঈশৈদা,

কায়ন মতম লাকলবদা
উচ্চরি কোকৌদি
পেন্নবা পুক্লিংদি,
উত্তোন পকপনিদি মঙাম্না,
নিংহন চাবনিদি খোংমাংনা,
য়েংজরি শানৌবু
খাংজরি লৈনবু,
লোইবী নাপোমথক্তা তুংহন্না,
তুংহন তোইনা য়েংবা মিৎয়েংনা,
উচ্চরি রাবদি
মুংশিগী মৈচাক্তি,
কল্লিদা মুংশিগী লৌচিংসে
ইবুঙো নংনা পীনবসে।

অশাংবম মীনকেতন সিংহ

---

# কৈদনো পঙ্থো।

কৈদনো পঙ্থো অপোকপা নপারী নমোম শেংলম্লবো ?
ঙস নংগী কায়ন মৈশা লাংবন মপী কায়নরবা যম্নাওগুম
নোনা হোৌরক্লিবা মৈতৈপারী চহুশিংনা থুদাং পিক্কম তৈরি,

হিক্লা হিক্লা কপখিবনা থম্মোই লাইযুম কায়নরি।
কল্পতরুগুম মৈতৈ পোইরৈ লমদময়াইদা লেপ্তুনা
লম্মুক্লরবা নচাশিংগী লম্বী তাকপিরম্বা,
আঃ পম্থৌ থৌদাং লোইরে খনবরা,
থুংশেম নংগী চারশিং শিন্নরম্বগে কনাদা ?
মরিকচুম্বা হৈপাল উপালনা লৈমাই লৈশি লৈথোনবগুম
লুরুক্লবা নংগী তাংজ মাইথোংনা লৈতেংলম্বা
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী লৈরাংনা খুজোক ফাজরি
অপোকপা নংদি উরিনি, লৌবিউগবা অঞ্জলি।

নং নত্রনে অপোকপা নোংমা অযুক য়েন্দা অঙনবদা
খোর্জৈ লাঙ্গোন পায়দুনা, রাখল কাওরেন মাংদ থা
উবিদ্রবা মৈতৈ সাহিত্য লোফম লৌফাৎ লৌ নিল্লম'দে
হায়যুগবা শিন্নবম্মি কনাদা মৈতৈগী লৌরি য়ুম্ফনদো ?
"থাইনগী লৈরাং" চায়োকলৈ মল্ল মল্ল লৈনুংশি নাপ্প খুদিং
থেৎপিখিবা,

"মধুমালতী" চুংশি লৈপুন্না মৈতৈ থম্মোইবু পুনবিখিবা,
'ফিদম' ফিজিনুংদা য়োমদুনা ছাত্রশিংবু য়োকপিখিবা
হায়যুগবা পম্থৌ অপোকপা, কনম্নবু লননশিংশিবা ?
কুমশিদি পাকচাওরবা মৈতৈ সাহিত্য লৌফমগী কুমগাংদবা
লৌরাকশিমসু শিংলেদো, য়েংউদো মৈতৈ পারীচনুশিংনা
চরাম চদৎননা, মশম মনা ফানা, মমাই মাইথোং লাংশিন্না

অতুদি কপ্প্, লাইবকথিবী, মচা কায়নবী ষণবীগুম মাইগৈ
শিন্না তেংথারো!

কদাই সেবক্কী তঙাংলবা চিনবাম্বগী হরিনাম মিন্থো তাবদা
তিঙক তিঙক্না, লুরুক্লনা, মুন্না মুন্না য়েংখিসি কনানো?
মানি, ইমা নচাশি — মচাশিংগী মতুং ইল্লিবনি,
তাকপিরি জ্ঞানগী পনথুংক্ষম চৎল চৎলগা লাপ্পনি।

চুম্মি ইমা কপকন্নু, নচাগী মীরেন হৌজিকফাও লৈরি,
তাকপিউগবা নচানা করি রাকন্নু চিথহৌবনো?
লাও মৈতৈ মচাশা, মাংদা সাহিত্য লোকম তাহুনা লৈরি,
চিংজিল মতম লাকপদা লাঙ্গোল পায়ত্তুনা শিন্দমসি।

য়েংউ ইমা ঐথোয় কপত্রে; পল্হৌ পোকপী নংশু কপকন্নু,
কপকন্নু লাক্ষ্মল লৈমা নমোম কোম্বীরৈ মংলান কায়গনি,
নিকুঞ্জদা খোংবা বীনাগী মেজরাপ নচাশিংনা ফংজরে
পল্হৌ খুনাম তুংইন্না কোম্বীরৈ লৈরাং হৌদোকচরগে।

গৌরকেশ্বর সিংহ।
তাং ৩০। ১১। ৫৪ ইং

---

# ভক্তি-অঞ্জলি।

( শ্রীমা সারদামনিগী লাঙোন-ভিথিনা কচ্চবা। )

মালেম-পোকপী লাঙোন্দা তাইবং-চনু-শায়োন্না
জয়রামবাটি খুঙ্গংদা কুমজা চামগী য়াংমদা
থম্মোই-পাত্র থন্নবু শান্তি-লাইজ পুহুনা
ঙানখিবদাই নোংমা লায়র-ব্রাহ্মণ খাংপোকশঙ !
চেনখরে ইমাগী থৌজান্না লাইরৈবাক্কী অলকানন্দা
মরুদেশ দেশ কয়া ফাওহুনা মালেম-থম্মোই হাংহুনা।
অমরাপুরগী ভক্তি-থম্বাল শাৎখরে থম্মোই কয়াদা
স্বর্গগী শোজৈ পায়রিবী ইমাগী অমৃতনা শোকপদা।
ভক্ত রামকৃষ্ণগী পূজা অঞ্জলিনা লৈতেংবা
ইমাগী চরণ অনীনা নেংপীখি চাক্লবা তাইবংসি।
মীরমলেন্নদি কোলোয়নৈ ভক্তগী তালোই-হুজা ওই'—
ইন্দ্রপোনগী লুপীচু ইমা নংদি নত্তেদো—
চহী কোটি কয়াগী লাইনীং পরৈনা শেম্বনি।
ভারত-সংস্কৃতি লৈকোন্দা নোংচুপকী হুংশিৎ শীৎলকঙৈ
নচা বিবেক নত্ত্রনে নেংচুপ মায়কৈ থুংনবু
ভারত খোঞ্জেল নিনশিবা—মখৌ পোঙনা খোংখিবা ?
মহাকনিনে কনখিবা ভারত-সংস্কৃতি-লৈপানবু

নৈহৎলবা মতমদা অকনবা মালংগী শহুম্না ;
বিবেক মাগী খোঞ্জেলদো ইমা নংগী খোম্থাংনি।
মমা ওইবগী থম্মোইনা তাইবং-শকক্ষম লাকপীখি—
সাধু পাপী, ভক্ত চণ্ডাল, তোল্লবদগী তোল্লবা
লায়র-চাকনি' কয়াবু মচা ওইনা উবিখি।
লাইরৈবাক্কী লাইরেম্বী হকচাংগী মূর্ত্তি লৌখিবী!
নংগী পূন্য-মণ্ডান্দা ঙাস্থাক্লে ঙসি তাইবংসি—
'অপাম্বা' কৌবা লিনখাক্লো তাঙজ-লৈথুন চঙখরে—
নংগী য়েক্লবা কম্নাসু মায়থীতুনা হনথরে।
নাপী থুদিং তিংথৌ থুদিং ইরাং হোরে ঙসিদি
কনাগী চরণ ফংনিংবনা—উরী থুদিং লৈরাং থুদিং
হৌরিবা শক্কী ঈপোমসে কনাগী নিংথিবা শকক্ষমনো?
লাকলো শান্তিগী মঙাল! মাঙেম-থম্মোই হাংজরে—
ঙসিগী পূন্য-ভুমিত্তা চামথোকপিরো অমোৎপা খিবিক,
নচাশিংগী থম্মোইসে অশেংবা তীর্থ শেম্বীরো—
ভিঞ্জরে ইমাগী চরণদা ভক্তি কোক্তা হাপ্পুনা।
থম্মোই কোটি কোটিসে অমতা ওইনা তিন্দুনা
মহাতীর্থ শেম্লগা থাজগে আসন ইমাগী।
জয় জগদম্বে মহেশ্বরী। মহাকালী!
মহালক্ষ্মী! মহাসরশ্বতী! খুরুমজরি ইমা!!

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ।

# তাজমহল।

তাজমহল! মতম পুম্নমক্তা নিংথিজরবা
নংগী নিংথিবা নুংঙোগী মূর্ত্তি অসিনা
মাংবা লৈত্রবা মতমগী সভ্যতা ওইরিবোইদো।
অদুবু সম্রাটকী মিংকী পিনা চামথোক্লবা
মপুং ফানা শাংখিদ্রবা লৈরাং অমদি
ননশিনখরেদো নংনা মতম নাইদনা।
নংগী মক্তরবা নুংঙোগী ফজবা অসি
সম্রাটকীদি কংদ্রবা মিংকী পি ওইরিদো।
মীওইবগী কল্পনাগী লোবুক অসিদা
মরু লুকথরবা নিংশিংবগী উপাল্লক্তা
নংদি মতম পুম্নমক্তা মহৈ চুম্লবা
উপাল অমা ওইগে থল্লবোইদো।
নুংশিবগী নাকোং অমমমদা লোম্না থুপ্না লাক্লবা
ফোঙমদ্রবা রাহৈনা মথং মথং পাউমেন্নরক্লবা
থম্মোই কয়াগী অচিকপা মিংথেংনা
য়েংইদো নংগী নুংঙোগী মন্দির!
অরাপ্পা লমদনদগী উরক্লবা
নংগী অঙোবা ফুরা মতোন্না

উহল্লি, শাহজাহানগী কংত্রবা মিংকী পি।
মতমগী তমথিরবা মিংয়েংদা—
রাজ্য কয়ানা উকুপ ওনথ্রবদা।
শতাব্দী কয়ানা মশেল মঙাল মাংগ্রবদা
প্রেম বীনাগী লেপত্রবা খুৎথত্তা
যমুনাগী ঈথক ঈপোমগা লোইননা
খোংলিদো নংদি তত্তনা হুংশিবা বাঁশী।
নংগী বাঁশী খোঞ্জেন তাবদা—
শাহজাহানগী পুন্সি ঈচেল্লা কংগ্রবা
হুংশিবগী মরুভূমিদা কেমথ্রবা
মাগী অমতা ঙাইজরবা লৈরাংগী ময়োল
চোংথৎহল্লি তত্তনা মীওইবগী থম্মোইদা।
থাবল ফরবা অহিংদা
ঙিনোক চাওরবা থাজনা
তাগদবগী হুংশি চিরোল
থিরিদো হন্না হন্না নখোয়গী তুংদা
ঙাইরিনে মহাক্না উনা পুংলবা মরুমদা
লোন্না থুপ্না য়েংগদবগী নখোয়গী শান্নবা।
ইকাইথিবনা হুংশি মশক খঙদ্রবা ওইহল্লবী,
নিঙমদবনা লোন্না থুপ্না তেংথাজরবী,
অহুতাপ্না মৈশা লাংলক্লবী হুজানা
অথেংবা থাবলগী অহিংদা

প্রেমগী মন্দিরদা তপ্না তপ্না কাখৎলগা
য়াম্না ইকাই হঙ্গোইনা মুরুম মুরুম শোনবগুম
"চান্নথোইরবা হৌগৎলো" হায়না থোং থীনবগুম।
শাহজাহানগী অরোইবা মিৎয়েংদা
তাজমহল নংবু কোল্লগা মিংকী পিগা লোইননা
"মমতাজ" হায়না অমুক্তং শোল্লম্বা
নুংশা মপী অমা লৈহোৌরে নংগী থম্মোইদা
মসিনা মতম নাইদনা, নুংশি অতিয়াগী
মক্তুরবা থরানমিচাক মরক্তা
শোল্লি "মমতাজ" তত্তুনা
ওইহল্লি তাজমহল মতম পুম্নমক্তা ফজবা।

রজনীকান্ত সিংহ

---

# ইপোক্কী লমন ওইজগে।

'পাম্মুবা লিশিংলক কৌজবদসু পেজদে, নুংশিথোইবা!
ওসি কোরৌ নোংজাদা লোক্তাক ঈরংসে নোং-হাংদ্রে!
ঈথক মচা চোংলক্তবনা থাঙ্গ ইথিং চীংসু শকয়েংলি;
লাইজ ঈরোননুংদা চান্নবা মমিশিংসে লেপ্লি।
ঐনা নংবু য়েংজনিংঙি, থম্মোইগী চান্নথোইবা!

পাংজদবী মোমচু শকফমসে লোক্তাক ঈমায় পারবা মাক্রোগুম্
পাম্মুবা নহাক্কী মীৎলু ঈয়ায়দা হায়ফেৎ য়েংলগা কেজগে !
অচুবু পামজরবসু কিজেনে ঐনা—
নহাক্কগী মীৎলু তারাদা তাখিরোইনে ঐগী চেংলোসে।
ঐগী মীৎস্না লৈয়োলদা তাখিগনি নহাক্কী মাইথোংসু।
অমুক্তংবু তাথ্রবদি মমি ঐগী মীৎকী লৈয়োন্দা কোক্লরোই,
লোক্তাক্তা তারিবা শেলোয় মিতমদি মাংখিগনি ঈহৌরকপদা !
চুংশিবগী মাইথোংদি পুন্সিগী অরাবা পিচুনা লৈহৌগনি ঐঙোন্দা !
খিরবসু কিনা, পাম্মুবা ! ইপোক্কী লমন ওইজগে—
অমুক্তদি য়েংবিরম্মু ঐগী মীৎলুদা, চুজাগী লৈতেং শেমজহৌগে।

শ্রীজ্যোতিন্দ্র সিংহ।

---

# তাইবং শজি—

গুমলি মীকুপ্তা
লোনম্বা বাঁশীনা—মালংগী
তারি রাবদা
তাইবংদি শজিনা—পংবগী।

ঙংলি মাংদদি
নীকলবা লম্মৈনা,
লেপলি তুংদদি
কীরবা বিরাটনা,
শনথ্রে যেত্তদি
ঙকলবা ঈপাকনা,
থাকথ্রে ওইদদি
ব্লাব' হাঈগৎলাংনা,
তারি ব্লাবদি
চেল্লুবা মাইকৈদা,
নংলি ব্লাবদি
চোংলুবা খুদিংদা।

শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ

---

## কনা কনাগী খোঞ্জেন্নো ?

কনাগী খোঞ্জেন্নো ?
হুজিক্তনি ! কৈদনো ! কদোমদনো ?
কনাগী খোঞ্জেন্নো ?
অমুক্তা হনবিরকউ, অমুক্তা

তাজনিংবনা খৌরাংনা ঙাইজরি
তাহনবিয়ু কোকহনবিয়ু খৌরাংবা।
আঃ কয়াদা খোইথুমনথবা খোঞ্জেল!
বিশ্বতাইবং শুমহৎনা ব্রজবৃন্দাবন্দা
খোংখিবা বাঁশীতুরা অচৌ?
অমুকস্থ তারে—চিকলবা অহিংসিদা
তামলবা লৌবুক্তগী, থাপলবা চিংয়াদগী
ঐগী থম্মোই থুগাইররিসিবু
কনাগী খোঞ্জেন্নোনে?
ংশি কবি কমলগী
'অহিংগী চেকলা তাম্না' গী খোঞ্জেল্লনে?
থাবল ফরবা অহিংসিদা
তারি খোঞ্জেলসি তত্তনা
হুংশিবনা মিরবা খোঞ্জেন্নি
য়ৈরিবা থম্মোইদা তত্তনা
কনাগী খোঞ্জেন্নোনো?
ঐগী থম্মোই থুগাইররিসিবু।

প্রমোদিনি দেবী

# চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি।

চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি
থবলগী ঈপাক মথকসিদা তিহোনবনা য়োঙমত্রবা লমদমসিদা
কনানসু উত্রবা কনানসু খঙদ্রবা কনানসু তাত্রবা—
চত্ত মচৎসি চত্ত মচৎসি হংলকনু রাহংদো
"কবিগীনো অসিদি",
থেঙত্রবা অহিংগী লৈহাও লৈরেনগী কোকিল
কাওফাঙৈগী রাশক লৈখোক অমত্তগী লৈরাং অনী
ঐহাক্কী নত্তে ঐহাক্কী নত্তে।
ঐহাক্কী লুংশিবদি গুপ্তচরনি
মহাদেবগী মমাংদা শাঙহুমদনা চেল্লিবা কামদেবনি
শামু খোংয়েৎপদা খম্বগী হকচাংনি
দুষ্মন্তগী সভাদা ফীরুক খুমজিল্লা লেপ্লিবী শকুন্তলানি।
হঙইনে ঐহাকসু খঙইনে
যাম্নখিদেনে লুমিৎতুদা নকাক্লা ঐহাক্কী ফিজি
ওইখিদে নহাক্কী শগোল তোংবা পাখং
পাউমেনজখিদে কৈদৌঙৈ নিংঙেলগী খোম্লেন মঙল'নচাদা
তৌখিদেনে ঈঙ্গিৎ থাদোইনা লোক্তাক মপান্দা থমংখোংগী

খোংজীন্দা

"মানিনহৈ অচানবী"

তারেদনা নহাকস্ন লৈরাংগী তেংথারোল বসন্তগী ন্নারবা খোঞ্জেল
উরেদনা লৈচিন্না কুপগ্রবা শরৎকী পূনিমা।
ঐগী থুংসি পায়য়ুনে চঙশিল্লকউনে ইনাক্কা।
হাইমা করিনো হন্দোক্লিবসিবু।

নহাক্কী শমলাংগী নিংথিজববু ঐহাক্লা কয়ারক উগ্রবগে ?
মরোল অহুম্মকপু শুম্মাংপা ঙল্লবা নহাক্কী নুংশিরবা শম্লাংগী
অমুবা লৈচিল অতুনা
কুপশিনবীরো চান্নবী! তাঙহল্লোনে ঐহাক্কী মিৎ অসি
মমহল্লোনে।

ইথুত্তগী লৈসি উরবরা ?
পায়নিংদ্রবস্ন কৈদোগে নহাক্কী শমজিদা থেৎকেসে
নহাক্কী শমজিদা থেৎকেসে চঙশিল্লকউনে।
নঙনদি থঙলোই
নঙনদি থঙলোই

নঙনদি থঙলোইদো নুংশিবী ?
করিগীনো ঐহাক্লা শরৎকী থাবলদা কপ্লিবা
বসন্তগী লৈন্নাংশিংবু থদৎলিবা মলয়াগী ঈথিন্দা মিপাইন্নিবা
করিগীনো অমংবা নোংগী মপৈ উবদা
থম্মোইদা খাঙঙমদবা চৈনাখোল থোক্লিবা
তারিরোই নহাক্তি উন্নিরোই

ঐহাক্কী স্নুর য়াওব্রবা ঈশৈ কোঙদোকপা ঙমব্রবা খোঙচৎ
থাদোকপা ঙমব্রবা

ধ্রুবতারাগী ছন্দ

পাউথুম মাঙগ্রবা তত্তবা রাহং লৈকংলাগী মিরবা তেংথারোল।
আঃ নহাক্তি য়েংলিদো মীৎ-কুপ্তুনা অহাঙবা অতিয়াদা

অহাঙবা অতিয়াদা অহাঙবা অতিয়াদা।
য়েংলকউনে ঐঙোন্দা অমুক্তং
ঐহাক্কী চোকথরবা মিৎফমসিদা
মঙাল য়াওব্রবা মায়খোংসিদা
থাবলগী ঈপাক মথকসিদা
চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি।

শ্রীনীলকান্ত সিংহ।

---

# ঐহাক বন্দীনি।

ঐহাক বন্দীনি
ইবুংঙো নংগী বন্দী ওইরে
পুন্দুনা থম্মীরে নখুৎমক্তা।
মতম অমদা ঐনা খল্লুই
তাইবংপাল, শক্তিগীনি

তাইবংপাল, লনগীনি
ওইসনু ওইনিংবতা ওইসনু
ঐদি শোয়দনা দোলাই ফৈনা তোংখিনি
আলেকজেন্দর, নেপোলিয়ান
মায়থিবা পিখিনি
হিমালয়দগী সনাগী লৈহাও হেকখিনি।

শেল কয়া খোমলুরে
ঐগী পুকৈদা পৈজুনা থম্মে
হীরা মণিমুক্তাগী জাৎ সুরে।
ইথন্তগী পাঙ্গলনা পৈজুনা থম্মে।

তুম্নিংবনা খুজুম চন্দুনা
চুমিং তাবদা ঙাইরিবৈঙনা
য়াতারে তুমখুন তাল্লে।

হৌগৎলকপদা বন্দী ওইরমলে
ঐদি বন্দী ওইরমলে
ইবুংঙো নংগী বন্দী ওইরম্মে
ঐহাক্তী ইয়ুমসিমক্তদা
চুজিক্তি থদৎপা ঙমদ্রবা
য়োহ্নিলং
ইখুৎমক্তা শাখিবা
ঐবু পুন্দুনা থম্মীম্মে।

"তাইবংপানশিবু পুল্লগে
থদংপা ঙমদ্রবা য়োহিলংসিনা
ঐতনা ইনিং তৌগে
রাথলসিনা চিংতুনা
অহিং মুংথিল থঙদ
অমুক মৈ ইক
হমাং মরীক শিন্থনা
শাখিবা য়োহিলংনি
তাইবংপালসি পুল্লগে।
শাবা লোইরবা কাল
তাইবং কনা'মতনা থদংপা
ঙমদ্রবদা
পুন্দুনা থম্বীরে ঐবু
হবুংডো ০ংগা খুংমক্লা
ঐনা শাজবা য়োহিলংসিমক্লা।"

শ্রীশঙ্গেনবম বেদজিৎ সিংহ।

---

# মৈত্রবাক মচাদা।

মণিপুর! নংগী মিংচং পুম্নগা লোয়ননা—তুঙ্কৈচ,
পেম্না থরাই তানা হায়নিংবদি মসিতনি ঐগীদি,
ইংলণ্ড! নৈজবা নম্লাল খিবিক্কা নংনু—তুংশিনৈজে,
মসিনা অংগ্রেজ'নগী মরৈবাক নিংবগী অরেপ্পা ওইরবদি।

মীরৈবাক মচা কয়ানা তিল্লার ঙমদি মৈত্রবাক্তা,
থাগৎপিররি মৈতৈ নৈমবু চিরোনগী শুম্মাংপা রাঙাংনা
মীনুংশি খংবা ইমানস্তু কোনবিরে মখোয়বু মতম্বাক্তা,
হেন্না পামজৈ, তাঙ্গনিংহই ঐদি চৈবিরম্বকু পুকশেংনা।

মচাবোক য়োকপী! মুনথরবনি মখোয়না নচাগী শরুকমথৈ,
থাদোক্লো মিকুপ খরদংদি ইমাগী চানবীহৈবা রাথলকু,
হোৗগৎপরো তুকথরবা নচাশিং পিনবিরো নৈজবা থোনামথৈ।
নয়াথংগগা ঙাইজরি তাম্নোকখিনবা পুকচেল ফজ্রবা মখোয়দু!

নশরুক্তু পিথোকথ্রগা নিতুনা হিংবদা থরাই তারবরা?
মতুনদি ওইরোই রাথল নৈবগী অচুম্বা লমচং,
'নোংশাগী শরুক লমহুইনা থুন্দে' য়াম্বসা কাওবিরবরা?
পাম্বোম তিংবিরো! ওইররোই ইন্দ্রবদি অকনবা থোঙচং।

লুচিংবা ! খঙলে খঙলে, নখোয়না পাম্বদি মিংখোলতনি,
নথোদাং য়াহুনা পাংথোকফম থোকপদা খোঙথাংবহ্ নত্তে,
'অগোবা', 'অচুম্বা', 'লিচৎচুম্বা', সোইদনা পিগনি
'ময়াংঙম্বা' মীংথোলঙাক্লি পাম্বীরবদি ঐঙোন্দা রাত্তে ।

'তোর্ব্বুংদা পুরেম্বনা তরেৎখক'···মৈতৈ কনানা তাদবগে ?
'মচা পিশক ওইরমগনি' নহারোল পুম্বনা হায়নবি,
'করিগীবু ফাদগবনো' কৈদৌঙৈ কনাগী লৈয়েংনা শোনবগে ?
থাজদবগী য়ুম্ফমদা শাখিবনা অকা অকুম নমথরি ।

'মখোয়দি পাংদে' ইকাইদ্রা করেম্মনা হায়রুরিবা ?
মরম থুদিংমক্তা মখোয়দগী হেন্না পাংদ্রবদা,
মীখোঙ পায়বদা করিগীনো থোনা অহুক ফরুরিবা ?
হন্না হন্না নকোক মথক্তা নেৎথবিরে খঙলবদা ।

কিগদবদি—খঙব্রা ? 'অকিবা' হায়বা অহুতবুনি,
অকিববু কিবনা নরাইথুং ওইহনা শিজখো,
'লুখাক ওইজসনু' সি'নত্রদো চারগতা নোইগদবনি,
চেনখিন্নু, পান্নামতং তম্বিখিগে অমুক্তা ঙাইখো ।

নিংহন্নহনা চেল্লবসু চোকথবা খোংথাংনা লোয়গনি,
মাইগৈ মরীমক্তা করেম্নবা মীনোক্না নংতদা,
নথোদাংদা মাইরোং য়ারবসু অরোইবদি নোংমনি,
থাগৎপগী শৈশকনা মারোন মীরোন খুদিংদা ।

নংনদি হায়জরি চীংনা কোয়না পনশাবা,
য়জবগী তুংনফম মণিপুর সনা লৈবাকনি,
অচুম্বদি অসিনি—অতৈনা পাণ্ডবত্ উদনবা
চানবাহৈবা ঈশ্বরনা চীংনা পল্লোন শাবিবনি।

নহাদৈ অহনফাও তিন্নবা হুমিৎ'মতং লেপথোকসি,
লৌথুপ লৈকোই লৈতনা হায়নিংবত্ হায়ননবা,
হুমিৎতুদৈ—'পাংদবা' 'নুংশিনদনবা' তুক্কচনা হুদোকসি,
পুকচেল লিংজেল তিন্ননা খোংথাংববু হৌনবা।

চৈখিগনি ঐদি মৈতৈবু খোজেন্না তাদ্রিফাওবা,
শাওবীরকপা মহাকতুদা ঐগী অরেপ্পা মরুপনি,
ইথন্তনা চৈজগে চোংথাকপিরকলগু ইতেং পাংবীনবা,
য়াওবীররবদি মীরৈবাক'চানা মহাক্কুদা ঐগী য়েক্লবনি!

শ্রীবি, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা।

---

## মৈরা।

নিংজরম্বা মতম কুইনা লংলবা মৈরাসে,
চমলসি থাল্লসি লেংলসি ঙসিদি,
লাইরববী ইমাগী মমলবা থাংপোক'সে ঙাল্লনি ঙসিদি।

শেমজতনা শোমজতনা, খিক্কুনা চাইতনা,
হৌরক্লে চাওরক্লে, লৈরাং শাংলক্লে,
থারসি লিংলসি সল্লাসি, থোরক্লে ইমাসু হরাওজরে ঙসিদি।

শকপিরো নংগী শৈশক, থেকপিরো নংগী শাথেক,
নোকপিরো নংগী মিনোক, য়েংবিরো নংগী মিৎয়েং,
নংগী লৈবা উংপিরো তনজগে ইমাগী
লৈজবদো ঙসিদি।

কচাশিংগী তিন্নরবা কুংশিবা খোঞ্জেল্ল',
তনসন্নু ভারতনা নিল্লবা মালংদা,
হনসন্নু খোন্থাংদো থুকসনু যাত্রি লাকসনু ঙসিদি।

শ্রীসমরেন্দ্র সিংহ

# বাঁশীগী থম্মোই ঈহৌরো

ষাহোং কয়া কোকিল কয়া খোংথরে নোঙ্গনা নোঙ্গনা
অমরাবতীগী অশংবা চেক্লা শকথরে তোয়না তোয়না—
অমম্বা যুগতগী হৌষ্কনা নিল্লক্লি মপাউ লাইরৈবাক্কী
চাক্লবা তাইবঙ মরুগী চীক্লবা লৈকোল মচুংসি।
উজ্জয়িনী লৈকোলদগী অদুদৈঙ শকখিবা খোঞ্জেলনা
লৈরি নিন্দুনা ঙসিফাওবা পৃথ্বী লৈমরোন ফাওনা।
নোংচুপ লৈকোল-উকৈফদগী যুগকী খোম্থাং অনৌবা
ঘৌরক্লি নোংপোক কাচিনফাও মতমগী তোর্ব্বান তোর্ব্বান্দা।
হিন্দু পাঙল অনীবু পুনাখ মমাঙদৈঙদনা ভারত-নিংথৌ অমনা
মাগী থম্মোইদৈ হৌরকপা কবিগী ছন্দ-মন্ত্রনা।
পোকখ্রে যীশু মহম্মদ বুদ্ধ, পোবখ্রে গান্ধী মহাত্মা কয়া
থোকখ্রে মঙাল কবিগী সুরদগী—পীখ্রে পাঙ্গল মহাক্কী কলমদগী,
উহ ল্ল ফজবা—পীনরে চুংশিবা ফংলে থরাই—লৌরে থম্মোই,
শকখ্রে ইশৈ যুগ কয়াদগী যুগ কয়া কয়া লান্না।
⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮
ইমাঙদা উরি অহুমক্তদা—শরুগী ফুরা, চাক্লবা পৃথ্বী।
কদায় শান্তি—কদায় মঙাল—কদায় পাঙ্গল—কদায় থম্মোই!
সভ্যতাগী কারখানাদা তকথায়খ্রবরা উফুল তানা?

যুগকী খোঞ্জেল ওইরিবা কবি নহা খোন্নোবা!
কব্রি শক্তি কব্রি খোংলি উক্রম লাংলবা বুঞ্জদা—
ব্রজগী যগশেনবা বক্লাইগুম গোপী থম্মাই চুনিংবরা?
ব্রজগী অঙাং মহাক্তি গোবর্দ্ধন খুত্তা হাপ্তুনা
গোপ গোপী কনখিদো শোরারেনগী মায়োক্তা।
কৌরব শাগৈগী নাপন্না নীক্লবদা ভারত লৈমরোন
প্রেমিক্কী বাঁশী থমলগা পাঞ্চজন্যবু পায়থৎখি—
গোপীশিংনা কপচবা হন্নমক্তা য়েংদনা
কুরুক্ষেত্র লানফমদা সারথিবু ওইখিদো।
কবি ংগী পুন্সিদি লোইরগড্রা মন্ত্র পীবনা?

⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮

নত্তে কবি থোরকউ মঙলৈবাক্কী মপান্দা,
লৈথোকনু তাউহুনা ইশৈগী ঈপোমদা তোংহুনা।
চৌগৎলু য়েংউ—য়েংখোকউ অকোয়বদা—
চাক্লিবা মৈসি আদা—রায়পদোরে নংগী কুঞ্জ;
য়েংউ—ঙাওরে যাত্রী, মতোমদগী ঈ থক্লে।
চৎলু কবি—খোংবিরু অমুক্তা মাগী নাক্তা—
শকপিরু চঙহুনা মনাকোং ময়াদা—
পোক্লম্লবদি লৈরাংগী মপোক্তা, হে খোরাংলবা যাত্রী!
লৈগী মরীক অমত্তা ওইরবসু পীরমগদবনি নঙোন্দা।'
বীনা চামগী খোম্থাংনা হায়রু কবি!—
"হে থৌনাফবা হন্থগনু পুক্লিং—লানগী কীরাল হাইগৎল

চৎলু যাত্রী নোংশা লিশিংগী থৌনানা
কিগনু যাত্রী নত্তোমদনি খন্দুনা,—
য়েক্লবগী তেঙ্গৈনা শোক্লবা নশাঙ্ক ঈনা পুমচোৎ চোৎসনু,
হল্লগনু যাত্রী হল্লগনু! লাকসনু প্রলয় ভীম ভবানী ;
মমসনু লমবী থাশিগী অহিংগুম—কক্কুনা নশাগী শরু
চুখৎলু মৈ থৌনাফবা।' তাও কবি!—
অতিয়া পুম্বা ইনিন নিনথ্রে কনাগী মীকপ মীরাওনা ;
হোগায়হুনা থবাক 'মায়থীবা' 'ঈকায়ব'না
থক্লি ঈ খুজোক খুজোক।
⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮
লিংশিংউ মীওইবগী ইতিহাস—হন্না য়েংউ কুমজা থরগী রাংমদা
আমেরিকাগী কৈথেলদা কাফ্রীশিংবু য়োনখিবা হুইগুম্না পুল্লগা!
মীওইবগী ইতিহাস নত্তে!—ইতিহাস মীওইবগী
শাগী ইতিহাসতগী হস্তরবা তুক্কচরবা রারীনি।
'হাৎন-শুনবা য়েংথী কল্লকপা ওৎপা নৈবা হুংশিনদবা'
অসিনি মীওইবগী ইতিহাস।—লৌনম তৌহুনা নোক্ল নোক্ল
ঈ চুপ্পা ঙম্বা মীওইবা—শাদগী হেন্না তোল্লবা!
উঃ য়েংউ—তুচুংবনি—আদা শেপ্লবা মরোল থোক্তবশিং—
মক্লবা ময়থোংদা মাখোয়গী—ইরি কুমজা কয়াগী অরাবা ;
দরিদ্রনারায়ণবু কৌরহুনা চাকনিবা কয়ানা লম্বীদা।
থরাই হকচাং খাইনরি হুঙ্গায় 'থক্তা ওন্দুনা।
⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮

মতম চারে কবি—বাঁশীগী সুরনা নঙগী
পীয়ু পাঙ্গল অশোনবগী, পীয়ু চাক চাকনিবগী—
পীয়ু মিং মিত্তাংবগী, পীয়ু লোস্থোক্তবগী।
নমথেকউ নমথেকউ—নমখায়য়ু নমখায়য়ু—
অখিংবা-অখুবা অপিকপা-অপনবা

⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮

নংগী বাঁশীতনদি কবি—থোল্লরোই মত্তগী সুর—
পায়খৎলু পাঞ্চজন্য—পায়খৎলু লীরুং-তেন—
চোংথোক্লো কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা—থীল্লে তেঙ্গা থোংলো।
পত্তুবসু নশাদা করিসু, কৎলম্মু নথরাই অতুতা—
কল্পনাগী মুর্ত্তি—ওইহল্লা অহীংবা মূর্ত্তি।
পীয়ু সঞ্জীবনী মন্ত্র পীয়ু থংর ই-প্পুক্লিং
পীয়ু আশা-থৌনা পীয়ু রাখল থম্মোই!
খোঙ্গৎলে পঞ্চজন্য—মপুং ফগনি বাঁশীগী সুর,
ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থম্মোই পঞ্চজন্যগী খোজেলনা।
ঈহৌহল্লো ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থম্মোই;
পায়খৎলো কবি পাঞ্চজন্য।
থম্মোইনা শকপা ইশৈতনা—পীগনি থরাইগী অথনবা পাত্র,
থম্মোইনা ঈহৌনবতদা থোরকনি মপুংফাবা সুর।
য়েংউ হোগায়ত্নুনা তাজমহল হুং—
লৈরমগনি সাহজাহানগী পাক্লবা থম্মোই,
য়েংউ থুগাইহুন' নংগী বাঁশী

লৈরমগনি মীওইবগী চ'ক্লবা থম্মোই।
ঈহৌহল্লে। ঈহৌহল্লো বাঁশৌগী থম্মোকঃ –
পায়খৎলো কবি পাঞ্চজন্য।

শ্রীরাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ

---

## লৈন পামজবা।

পাম্বীদা শাৎত্নভাক লৈনীংদে
লৈকোন্দা ভাম্নবভাক শাৎনীংদে।
উ-মূর্ত্তি লাইখিবিক্কী খুয়াদা
লাইগুরু বৈষ্ণবশিংগী ভকশমদা
নত্রগা শাবী-শানৌ' নাপ্পদা
থৌগনবা পামজে মরক মরক্তা।
অহুবু হে মালীও! তাবিয়ু
ঐহাকপু মচেৎ মচেৎ শেৎপিয়ু;
চাইবিয়ু মুংগাই চেগাই লম্বীদা—
মাতৃদা দেশভক্তনা লাকপদা
ইরৈবাক কন্নবা থৌরাঙদা
য়েক্নবা লাম্বেংনবা চৎপদা
নেৎশনু ইশা অসে মখোঙনা

চোংশনু লম্বী অত্র ঈতনা
লোমজবা ঐগী পুন্সি অসুম্না—
খ্বাইদগী পামজবনি মাতুনা ।

শ্রীকুঞ্জবিহারী সিংহ

---

## লিক্লা ।

লমজাও খোম্না চাক্লিবা, চীংমাই থম্না ঙাল্লিবা,
লমগী থাম্বী মৈশালাং, পোম্বী চেক্লা তেংথাবা,
নারক মোংশোং তনিকপা, চীংজাও পামেল কপ্লকপা,
নোংয়াই ইচিক লোনবদা, অহিং লিক্লা তারকপা ।

চাংজো নাইত্র’ সমুদ্র ! থেক্লা খোয়বা তুরেলশিং !
পাক্লা লংবা পাংচাও ও ! পিক্লা লুবা পুথ্রীশিং !
মালেম নৈদ য়াহিপ্না, নাপী থক্তা কায়দোংবা,
পিক্ল’ জীব লৈরিদো, খোৗরাংবনা রারবা ।

কুমগী নোংসু লাকত্রিবৈঙে, কালেন মুংশা মৈরক্তা,
হৈপাল লৈপাল কয়ানা, পথ থুইথ খাংবদা
পাঙ্গল শোনবী লিক্লানা, ঙমজ ইতেং পিবনি,

নোক্ক চাওবা তাইবংদা, করম নিংঙমগনি।

হুংশা মৈনা চাকপদা, থাম্বী মৈগী মৈশালাং,
অহিং লিক্লা কংখিনি, মালেম কনা তেংথারোই,
মপুই শিস্থা তুংইন্ন, অহিং লিক্লা লাকপনি,
তাইবঙপান্দা লাকপনি, মপুই য়াথং কায়কদে।

মণিমুক্তা থামলবা, ফুরা দলাল ফজবা,
লিক্লা ঐনা পামজদে, ইতিক ইগুণ লৈজদে
হৈপাল লৈপাল মরক্তা, পিক্ক নাপী মতোন্দা,
অহিং লিক্লা লৈজগে, হরাও মোমোন নোকচগে।

শ্রীনীলবীর শাস্ত্রী।

---

## কল্লক্তে

অয়াংবা লোইবীদা শাত্তুনা ফজবা মশক লোংলিবী
নারক শীংলক্তা লৈত্তনা হুংশিবা মনম থুপলিবী
অরা মীংলম থত্তুনা কনাই মৈচাক লোক্তবী
হিংবই অর্থ লৈত্রবী লৈরাং মাবু কল্লক্তে।

মা‌লমগী শরুক অনীনা মদোম লমথৈ ওইরবা
লাইজ নিংথৌ মিংথৈনা অচৌবা মগুণ ফোঙলবা
পৃথীগী তুরেল অয়াম্বা মঙোম্বা লোইপোৎ কারবা
তাইবং ঈথৌ কোকঙমদবা ঈপাক মাবু কল্লক্তে।
কালেন থামৈ ওইবনা অরোইবা হুংশা থাবকান
থাক্লা ঙংনা মখোংবা তাইবং মৈশা লোক্তবা
লাংবল থাগী নোংহোদো ঐনা কৈস্থু কল্লক্তে।
লৌফম নৈতবা লোমীনা মোংফম ফাওনা ফংদবা
লৈফম লৈতবা বয়ানা শাইজিন শায়া তাংলবা
লৈঙোই ঙাক্তা শন্দুনা লমজাও কয়া বনশনবা
থম্মোই কংলবা লৈকংলা ঐনা কৈস্থু বল্লক্তে।
শরুাই নুংঙৈনা শাহুনা ঈবীকী মণি থাম্নবা
প্রজাই মরল খোমহুনা মোংফম থক্তা খিল্লম্বা
থরাঈ য়াওদনা মিতম্বা থম্মোই য়াওদনা শক্তম্বা
তাজ ফুরা কথোইদা ঐনা কৈস্থু বল্লক্তে।
লূপাই লূহুপ থোন্দুনা নোংদোন থাবল খল্লবা
যাঈতোঙ যমলেন ফংহুনা থোঈনা রাংনা পাল্লবা।
মদোম ম... গান্না খ্বাইগী রাখল থাশেৎপা
তাইবং ভারোকি ওইবিবা উভরেষ্ট মাবু কল্লক্তে।

শ্রীযোগেন্দ্রকুমার সিং



লাংব

লৌফম

লৈফম [illegible]

লৈঙোই ঙাক্তা শন্দু

থম্মোই কংলবা লৈব

শরুই নুং[illegible]

ওক্টোবর—১৯৭২

নম্ফম : শ্রীগোপাল প্রেস, খ্বাই লোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল।